[illegible]

# ইমাগী চামচ



রাজকুমার গুণচন্দ্র সিংহ

গুণচন্দ্রগী

মঙ্কোগী মেঙ্কম

# ইমাগী চামচ




ইমাখোল পব্লিকেসন্স, মণিপুর
ইরমদম মীয়ামগী অপূনবা খোর্জ লূপ
অরাং পোৎশংবম

# IMAGEE CHAMACH

## (A Collection of 60 Poems)

*আফোঙবা* : রাজকুমার বিমলনা—ইমাখোল,
অৱাং পোৎশংবমগীদমক
ফোঙজবা

*অইবা* : রাজকুমার গুণচন্দ্র সিংহ
অৱাং পোৎশ্যংবম



*অহানবা ফোঙবা* : সেপ্টেম্বর, ২০০৭

*মখুম য়েকপা* : রাজকুমার বিমল




*কোপী মশিং* : ৭৫০

*মমল* : লু: ৯০/-

---

*নম্ফম* : **লৈমহল প্রেস**
*খুরাই লাম্লোং কৈথেল, উখ্রুল রোড*

# কচ্চবা



ইপা-ইমা শকলবা ঐগী অমতা ঙাইরবা য়াম্বুং
শ্রী রাজকুমার নিমাইচাঁন্দ সিংহদা থম্মোয় শেংনা
কচ্চরি ঐগী "ইমাগী চামচ"

*তোল্লবা ননাও*
রাজকুমার গুণচন্দ্র

# ৱাহৈ খরদং



রাজকুমার গুণচন্দ্র সাহিত্যবু পামজবা, সাহিত্যবু নুংশিজবা অমদি সাহিত্যবু থম্মোয় শেংবা সেবা তৌজনীংবা মীশক অমনি । মসিমক্লনি, থেঙলবসু থেঙনা, চহী খরা অসি সাহিত্যগী মীফম কয়াদা শৈরেং শৈদিন্নবা কয়াদা তোয়না য়াওরকখিবা। সাহিত্যগী নিশানা পান্দ্রবদি মসি হেক হাক য়াবা নত্তে ।

নুংঙাইরিবদি, ঘিনা মৈনাক্তা লৈরগা শৌদোকপগুম অইব-অশৈবশিংগা নক্লবদগী গুণচন্দ্রগী ৱাখল লৈকোন্নুংদা তূমদুনা লৈরম্বা কবি ওইবগী গুন য়াকাইরকপা অসিনি । মসি নৎলমদ্রবদি গুন অসি কনা খঙদা কনা উদা মাঙখিরম্বা য়ারম্বনি।

শৈরেং কয়াগী নাচোম ওইনা পুথোকচরিবা লাইরিক মচাসি গুণচন্দ্রনা য়াম্না নুংশিজনা 'ইমাগী চামচ' হায়না মিংথোঞ্জরি । মসিগী মরম লৈতবা নত্তে। চামচ অসি অচম্বা চামচ নত্তে, পলেম মমাগী অৱা-নুংঙাই পুন্সিদা কাউঙমদ্রবা থৌদাং কয়া লৌখিবা অদুগুম্বা 'ইমাগী চামচনি' । অপোকপীগী অরোইবা মিৎকুপ অদুগী দৃশ্য কবিনা কাউদ্রি, পরেং খরদা নুংশিনা ফোঙদোক্লি —

ইমাগী চামচ নঙনা<br>
গঙ্গাজল ইনসি<br>
নীংশিংখিবনি অরোইবা মীকূপ্তা<br>
হরিনামগা লোয়ননা ।

অপোকপী মমানা লৈখিদবা কুইরে, অদুবু মমাগী মতারোই চামচতি লৈরি । কবিনা চামচপু মমামক্লি খন্না শৈথাজে —

অপোকপী ইমাদি চৎখ্রে<br>
থাদোক্লুনা ঐখোয়বু<br>
অদুবু,<br>
লৈহৌরে নহাক্তি ঐখোয়গীদমক<br>
ইমাশক্লা মতম চূপ্পগী<br>
ইমাগী চামচ ।

শৈরেং অসি কবিগী থম্মোয়নুংদগী হৌরকপা ঈফুৎনি। অদুবু পলেম মমাবু নীংশিংলুবদা মিৎলু পিরাংনা থুঙ্খৎলক্তুনা অতোপ্পা শৈরেং অমদা অসুম্না হায় —

ইমাদো ঐগীদমক পুন্সি কেমখি
পলেম মাগীদমক নীংশিংবনি
শৈরেং নত্তে পিগী ঈরিক্লি।

শৈরেং কয়াদা কবিনা প্রকৃতিগী শক্লোন কয়া উরুরগা নুংঙাইবা, অকিবা, অৱাবা, নুংনাংবনচিংবা ফোঙদোক্লি। অমুকসু কাটাখাল তুরেল তোর্বান্দা তারকপা ভাটিয়ালী সুর অমসুং সরামতি চীংদোল অমদি ধানশিরি তুরেলগী দৃশ্যনা কবিদা শৈরেং ইনবা ঈনশিল্লি। করিগুম্বা মতাংদনা তাইবং মীওইপোক্কী নুংগী ৱাহঙ্খোক থিবদা কবিনা চঙশিল্লি। করিগুম্বদনা শান্তিগীদমক্তা ঈখৌরাংই।

শৈরেং পুম্নমক নৈনবদি মতাং অসিদা ওইথোক্তে। অয়াম্বদি পাবা য়াবা ফজবা শৈরেংনি হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই। শৈরেংগী ৱাহৈ-ৱাতা লৈশি-লৈতোন য়াম্না চম্না ফজে। মীচম্না পাবদা অর্থ লায়না লৌবা ঙম্বা শৈরেং ঙাক্তনি।

গুণচন্দ্রগী কলমদগী শৈরেং কয়া মথং মথং মশক নাইনা থোক্লকখিগনি হায়বা আশা থল্লি।

ইম্ফাল,
*আগষ্ট ৩০, ২০০৭*

নোংথোম্বম কুঞ্জমোহন সিংহ

# ব্রাহৈ খরদং



ঐগী মরুপ রাজকুমার গুণচন্দ্র সিংহগী 'ইমাগী চামচ' কৌবা শৈরেং লাইরিক অসি ঐ পাজরে; ঐগা, ঐখোয়গী য়ুমদা লেঙথোরকপদা ফম্মিন্নদুনা ৱারী শাবদা লাইরিক মমিংসিগী মতাংদা স্নখ্যা না তাকপিখি 'অইবশিংগী লাইরিকতা 'ইমাগী ফনেক মচেৎ', 'ইমাগী ফনেক মচু' নচিংবা মিং য়াম্না থোন্নে। ঐসু ইমা পনবা মিং অসি পামজদুনা ঐগী লাইরিক্কী মমিং 'ইমাগী চামচ' হায়না থোঞ্জরে।'

য়াম্না চীন্দোল-লৈতোন শেংবা, ঙাংবা-শকপা হৈবা স্নখ্যানি, প্রমান-পান্থে, ফাগী-জুগায় য়াওনা ঙাঙবদুদা নুংঙাইদুনা ঐসু তুমিন তাজখি, লোয়ননা লাইরিক্কী মতাংদা ৱাফম খরা ইননবা তাকপিরম্মী; ঐসু হরাওনা য়াজখি।

'ইমাখোলগী প্রসিডেন্ট স্নখ্যা গুণচন্দ্র অহানবা ওইনা সুচেতা প্রেসতনি ঐগা উনজখিবা। মতাংদু ওঝা মৈন্য সিংহগী লাইরিক ফোঙনবগী ছাপা তৌবগী অচিনবা মরক্তনি; স্নখ্যাগীসু 'ইন্ত্রপ্রেনুয়রশিপ দেভেলপমেন্ট (জিডি বিকে)' কৌবা লাইরিক অমসু নন্নম্মী। অদুনা 'ইমাখোল' গী অইবশিং অমদি থৌবুবশিং-শ্রী কেশো সিংহ ইরেংবা, জাতিশ্বর সৌবাম, ৱারীবম মৈনো সিংহ, স্নখ্যা গুণচন্দ্রনচিংবা মরুপ-মপাং কয়া সুচেতা প্রেসতা হেক হেক থেংনজখি। মদুদগী চেৎলবা মরুপকী লীপুনসু শাগৎপা হৌখি।

ঐনা খনখি স্নখ্যা গুণচন্দ্র 'ইমাখোল' গী প্রসিডেন্ট ওইবগী মথক্তা অইবশিংগা তৎনথানদনা তিন্নে; সাহিত্য চাওখৎনবা লেপ্পা লৈতনা হোৎনবা উজে, অদুবু সাহিত্যগী মচল ওইবা য়াবা শৈরেং, ৱারীমচানচিংবগী লাইরিক ফোঙবা উদে; মশাদসু ৱাফম অসি য়ৌখ্রবনি, ৱাঙাঙ-ৱাতা, প্রমান-পান্থে হৈবা মরুপ্পা খুমদোরকপদা ময়াম ৱা-ৱা নোক্তুনা নুংঙাইমিন্নখি।

অগষ্ট তাং ১৪নি ঐঙোন্দা শৈরেং লাইরিক অমা শিন্নবিরম্বদু স্নখ্যা গুণচন্দ্রগী শৈরেং লাইরিক্কি। 'পাবিরো অদুগা খরা ইবিরো' হায়বদুদা ঐসু পায়খৎলগা ফাক্তোক্তুনা অহানবা শৈরেং-লাইরিক মমিংসু ওইরিবা 'ইমাগী চামচ' হায়বদু পাই। য়ুম খৃদিংমক্তা চান-থক্লবগী মতাংদা চামচ শীজিন্নে; নারবা 'ইমা' গী মফমদা চামচ না মতারোইনি; এসপেক্ট অসিনা থিম ওইরগা লেংবা শৈরেংনি; চন্না ইবা খুৎইনি-নুংঙাই, নুংশি-ইমাগী চামচনা হরিনামগা লোয়ননা

গঙ্গাজল ইনখিবা, হীদাক পীথকখিবা কাউবা য়াদবা ব্রাফম ঙাক্তনি । চমখ্রবা চামচ অমনা মীওইবগী কান্ননবা তৌরিবশিংদু শীংথাদুনা ইবা শৈরেংনি ।

'কবিগী কল্পনা' শৈরেংদা কবিনা মরৈবাক্কী চীং পাৎ তুরেল মহৌশাগী উকোন, লাইকোনবু খ্বাইদগী ফজবা পোৎলম ওইনা শীংথাদুনা মরৈবাক নুংশিবগী ময়েক লারবা খূদম উৎলি । থোৎনা মেঙলবা, থম্মোয়গী তেংথাখোলগা লোয়নবা শৈরেংনি 'শৈরেং নত্তে পিগী ঈরিক্লি' কৌবসি । মচাগীদমক পুন্সি কখোকখ্রবা মমাগী মফমদা কৎচবা শ্রদ্ধাঞ্জলিনি; পারুবদা থম্মোয় নৌহল্লি । 'ঐহাক হৌগৎলগে' হায়বা শৈরেং অসিনা, নুপা থোক্লা থৌদাং পাঙনবা শিঙ্খাগী ব্রাখলদা তুল্লম্বদগী য়াকায়নবা ইথিল পীরি ।

হৌজিক্কী মতমগী ওইবা হীরমদা-লেংবা শৈরেং 'কল্লসি লৈকংলাদগী' হায়বসি অকোয়বগী ফিভম্ভু ঙাক-শেনবগী তঙাইফদবা অমদি মসিদা ঐখোয়না য়াগদবা থৌদাংগী শরুকপু শৈথারি । ঐখোয়না নিতি খূদিং-পারিবা গীতা, বাইবল, কোরান, তুলসি খুরুমদুনা ধুপ থাউমৈ কৎলিবসিবু ঈশ্বর ফংনবরা, কর্ম্মনা অথোইবা থৌদাংলা হায়বগী চম্মম্লবা ব্রাখল ফোঙদোক্তুনা ইবা শৈরেংনি 'ব্রাখল' । পুন্সিগী দর্শন্দা ইবা শৈরেং 'কনাসু খঙবিদ্রবা মপোক' পারুবদা হকচাংগা থব্রায়গা কায়নবগী অরোইবা মীকূপ্তুগী তেংথাখোল থম্মোয়দা ফাওহল্লি ।

চহী তরেৎ খুন্তাকপা, খোংজোম লান্নচিংবদা থায়নগী ইপা-ইপল শিংনা মরৈবাক্কী নীংতম্বা ঙাক্লবগীদমক চিংনবা লৈতনা থব্রায় কখোক্তুনা মরৈবাক নীংবগী লংলবা খূদম থম্বীরম্মী ইতিহাসকী লামায়শিংদা । মদুনা তুংগী মীহৌরোলদা মরৈবাক নীংবগী অচৌবা পাড়া অমনি হায়বা ফোঙদোক্লিবা শৈরেংনি 'শাক্ষিনি ইতিহাসনা' হায়বসি । হিংবগী মমল চাংদমদুনা লেংবা শৈরেংনি 'করিগী কপকদৌরিবা' । ঈশ্বরনা পীরকপা পুন্সিদা শিঙ্খা পাঙথোক্লম্বনা হেন্না মরুওই; অরেম্বদা হিংদুনা লৈবদগী শিখিবদা থোইনা ব্রানীংঙাই, কপ্লিংঙাই লৈতে হায়রি কবিনা শৈরেং অসিদা শিখিবদা মসিনা ওন্নবা ব্রাফম, ব্রাখল্লোন ফোংদোকপা শৈরেংনি 'হিংনিংলি' । কনানা করি খঙনবীদ্রবা মঙাল মুশি-মুশিরবা থাউমৈসু খাঙলি অহিং নোংশোইবা অমা মুৎলি-মুৎলি । পোকপদা পোৎলুম ওইরবা মহাকসু হিংনিংলি অহিংবা মপোক ওইরুবনা; থব্রায় পানবা পূম্নমক্কী মান্নবা অপাম্বদি হিংবনি হায়না কবিনা শৈথারিবা অসিমক তাইবং লোনচৎনি-কনাসু শিনিংদে হিংনিংবা ঙাক্লি - । অয়ো-নাহেদুনা ঙসি হয়েং খঙদ্রবা মহাক্তুসু শিনিংদে । মসিনি কবিনা পুথোক্লিবা য়ুনিভর্সেল ট্রুথকী মশক অমা । 'মহাক্কী মরমদা' হায়বসিসু পুন্সি পোলোইগী মতাংদা শৈথাবা কবিতানি । শেম্বীবা মহাক্লা মতম লৈবা খিবিক্তা তুং ইন্নদুনতা লৈবা, লেঙদ্রবা

মরুপ ওইনা জীববু থাদোকপিদবা, পীরিবা শিক্ষা পাওথোকপা লোইরগা নোংমা লৌবা লাক্কদবগী থম্মোয় নুংঙোলবা শৈরোলনি কবিনা শৈথারিবসি। ইংলিস পোয়ত্রিগী ইলিজিগুম চীংলোম্নুংদা লোৎলম্বা শৈরেং নোংমদি নীংশিংবিরক্কনি, শক্ক-শোন্নহৌনি হায়বগী আশা ফোংদোক্কুনা লেংবা কবিতানি 'লেপ্তুনা ইরি শৈরেং'। পারুবদা নুংশিবা রস থম্মোয়দা পোকহল্লি। তাইবং মীগী মরক্তা জাতিগী খেন্নবা থল্লিবা মীৎয়েংবু য়ানিংদবা ফোংদোক্কুনা লেংবা শৈরেংনি 'শোক্ক পন্নবা য়াদে'। 'লুপা: ৫০', 'ঙসি' 'শম্বল' নচিংবা শৈরেংশিংসি অচুম্বা ব্রাফম ফোংদোকপদি ওইরগা নুংঙাইবা, ফাগীগী মহাও য়াওবা কবিতা নি। খেন্নবা অনী শৈথাদুনা ইবা শৈরেংনি 'ঐনা উখি'। অতেনবা পরেং ৭খক্ক শাবা কবিতানি। অদুবু মপাঙ্গল লৈবা, থম্মোয়দা চৈনা ফাওহনবা ঙম্বা শৈরেংনি।

স্নখ্যাগী শৈরেং লাইরিক 'ইমাগী চামচ' তা শৈরেং হুম্ফুসি লোইনা পল্লবদি শাংলগনি খন্দুনা খরদং অসিনা শুপচিঞ্জরবনি। তোঙান তোঙানবা সবজেক্ট মেত্তরদা লেংবা কবিতাশিংনি-পুন্সিগী মরমদা শৈথাবা কয়া, মহৌশাগী ফজবা, লৌউ-শীংউবা; অকোয়বগী ফিভম ঙাক-শেনবা, আশা, নীংশিংবা, মীগা মীগা খেন্নবা, তাইবং মপুদা চঙজবা, ইমাগী নুংশিবা ফনা শুরে হায়বা য়াই, ফজবা ব্রাহে-ব্রাতা, কবিতা শক্তি তশেংনা শীংথানিংঙাইনি। লাইরিক অসিনা তাইবং মঙাল ফংলকপা অসি মণিপুরী সাহিত্যদা মশক থোকপা খূদোল অমা তল্লবনি খঞ্জে।

স্নখ্যা গুণচন্দ্র মতম কুইনা নাদ-য়েক্ত পুন্সি তোল্লোইনা হিংবিদুনা লাইরিক মথং মথং ফোঙবিদুনা মণিপুরী সাহিত্য লাইরেম্বীগী সেবা তৌবা ওইহনবীয়ু হায়না ঐনা ঈশ্বরগী মফমদা প্রার্থনা তৌজরি।

**বি. জয়ন্তকুমার শর্ম্মা**
ব্রহ্মপুর নহাবম বাচস্পতি লৈরক
ইম্ফাল।

ইম্ফাল
*অগষ্ট ২২ ইং ২০০৭*

# ইমাখোলগী ৱারোল


কেশো সিংহ ইরেংবা

ইরমদম মীয়ামগী অপূনবা খোর্জে লূপ (ইমাখোল), অৱাং পোৎশংবমগী ইমাখোল পব্লিকেসন্স, মণিপুর কৌবা সাহিত্যগী সংস্থান অসিগী ১৮শুবা লাইরিক ওইনা রাজকুমার গুণচন্দ্রগী শৈরেং লাইরিক "ইমাগী চামচ" কৌবা অসি ওইনা পুথোকচরি। ফোঙদোকফম খঙদনা লৈরিবা অইবা অইবীশিংদা ইনীংবগী ৱাখল থৌনা পীদুনা, অপান্বা পোকহন্দুনা অফবা লাইরিকশিং লেপ্পা লৈতনা পুথোকপা হায়বা পান্দম অদুবু পুথোকচরিবা লাইরিক অসিনা খজিক্তং ওইরবসু মপূং ফাহল্লগনি হায়না থাজবা থমজদুনা পুথোকচবনি। রাজকুমার গুণচন্দ্র ইমাখোলগীসু ফাউন্দর প্রসিদেন্তনি। অৱাং পোৎশংবম খুলেন্দগীনি। নেকোনগী কন্সলতেন্ট ওইনা নোর্থ ইষ্ট ইন্দিয়াগী ষ্টেতশিংদা পোষ্টিং তাদুনা লৈরকই। শৈরেংশিং অসি মহাক্না ডিমাপুরদা পোষ্টিং তাদুনা লৈরিঙৈদা ইখিবনা অয়াম্বনি। সাহিত্যগী ওইনা ফোঙবা মহাক্কী লাইরিকসি হন্দক্কী লাইরিকসিনা অহানবনি।

তশেংনমক্তি লৈহাও চেল্লবা ইরমদম অসিদা মথন্নতা হৌগৎচরকখিবা অইবা/অইবীশিংবু ইমাখোলনা শুপ্নতগী মখোঙ শোমজদুনা য়োকখৎচবখক্তনি। অদুগা অফোঙবগী মহৈ অদুনা ইমাখোলনা ফংজবখক্তনি। শেল মাঙবা তোংবগী ৱাখল থাদোক্লগা মণিপুরী সাহিত্য লৈকোন্দা লৈশক লৈচু মান্নদবা লৈরাং চার খরতা ওইরবসু থাজিঞ্জনীংদুনা লেপ্পা লৈতনা ইজদুনা খূদোল তমজরক্লিবা অইবা অইবীশিংবু য়োকখৎপিয়ু, মিনুংশিগী মীৎয়েংনা য়েংবীয়ু, ইনীংবগী থৌনা হাপকৎপীয়ু, শৈরেংগী লাইরিক অসি সাহিত্যগী লৈকোন্দা লৈচন অমা ওইনা লৈশাৎ তন্বা ঙমহনবীয়ু, পাবীয়ু, নৈনবীয়ু অইবশিংবু পুক্নীং থৌগৎপীয়ু হায়না খ্বায় মীয়ামগী মফমদা ইমাখোলনা নোল্লুক্না খুৎশিন্নজরি। শৈরেংশিংসিদা ফোঙদোক্লিবা নুংগী ওইবা অর্থ য়াম্না চেল্লি, থম্মোইদা অকন্বা শাফূ পীবা ঙমই।

ইমাখোলনা নীংজরিবদি অসিগুম্বা অইবা লেপ্তুনা হেনগৎলকপা ওইদুনা ইমাখোলগী লাইরিক লেপ্তুনা ফোঙবা ঙমহন্বীয়ু। মসিগী মেম্বরশিংগী ৱাখলদা থিংউবা ঙমদনা মখল মথেলগী মহাকাব্যা, কাব্যা, উপন্যাস, ড্রামা, লিলা, ৱারী মচা, ৱারেং, শৈরেংনচিংবা কয়া কয়া ঈফূৎ ওইদুনা লেপ্তুনা চেন্থরকহন্বীয়ু। অইবা য়াম্না থোকপীরকউ। খোর্জে খুত্তা পায়দুনা ইশিলহৌবা লেপহন্বীগনু। অসিগুম্বা মমল য়াম্লবা ইমাখোলগী অইবা কয়া তশেংনা সাহিত্যদা লূপ্তুনা অশেবা অইবা হায়বা মিংথোলদু ফংহন্বীয়ু। অইবগী মফমদগী ইনীংবগী পাঙ্গল হন্দনা ইননবা থৌনা পীনবীয়ু হায়না ঈশ্বরগী মফমদা ইমাখোলনা থৌনিজরগা মীয়ামগী মফমদা য়াম্না নোল্লুক্না খূৎশিন্নজরিবনি।

**(কেশো সিংহ ইরেংবা)**

সেক্রেটরি, ইরমদম মীয়ামগী অপূনবা খোর্জে লূপ
(ইমাখোল), অৱাং পোৎশংবম

অৱাং পোৎশংবম
তাং১৮/০৮/২০০৭

# অইবগী নোঞ্জ ৱাহৈ

ঐগী শৈরেংগী লাইরিক অসি হৈজদুনা অমসুং খঙদুনা ইজবা নত্তে। মপোক অসি মণিপুরগী মপান্দতা লৈয়ু তমখিবনা ইরমদমগী ইচিন-ইনাও, মরূপ-মপাং অমদি মরী-মতাশিংগা লোইনবা ফংদবা অদুদা লাইরিক অসিবু থেংনবিবা পূন্নমক্লা অইববু মীকুপ অমত্তসু নীঙশিংবিগনি খঞ্জদুনা ইজবনি। লাইরিক অসিগী মীংথোল 'ইমাগী চামচ' হায়না পীবগী মরমদি চামচ, অঙাং অমনা হেক হঙঙা কপ্তুনা মালেমদা খোঙদারকপদা ঈশিং মরিক অমত্তং ইনবদা চামচ শীজিন্নে। লোইননা অঙাং অদুনা অহল ওইরক্তুনা তাইবঙপান থাদোক্লমদাই অরোইবা মীকুপ্তা (গঙ্গাজল) ঈশিং ইনবদসু চামচ শীজিন্নে। শন্না চামচ পুন্সিগী খোঙচৎ অসিদা তৎন-থানবা য়াদবা পোৎশক অমনি। মরম অসিনা চামচতা শিম্বোলিজম পীজবনি। মসিদা অদোম্না সাহিত্যগী লমদা মতেং পাংবীবা মীশক অমা ওইনা অরানবা কয়াবু ঙাকপীনবা কোক নোঞ্জরি। লাইরিক অসিগীদমক ৱামাঙ য়ানবীরিবা ওজাশিং নোংথোম্বম কুঞ্জমোহন অমসুং বি জয়ন্তকুমার শর্ম্মবু হন্না হন্না থাগৎচরি। ইমাখোলগী মরূপ মপাংশিং— জেনরেল সেক্রেটরি কেশো সিংহ ইরেংবা, ভাইস প্রসিদেন্ট জাতিশ্বর সৌবাম, জিলা কোন্সম, বাবুধন চিংঙাখম, থোকচোম চন্দ্র, ষ্টেট বেঙ্ককী মেনেজর এল ইবোতোন অমদি ইচলশিং অমদি ইনাওশিং চন্দ্রকালা, সরোজিনি, ইবেয়াইমা, বীলাশিনি, শান্তিবালা, যদুমনি, মুহিন্দ্র, বসন্ত অমদি শ্রী ঐচ কৃষ্ণমোহন এদুকেশন ডিপার্টমেন্টকী চিফ লাইব্রেরিয়ান, পূন্নমক্কী পাংবিরকপা মতেঙগীদমকসু ঐহাক্লা কাউরোইদবা অমা ওইনা থম্মোয়দা থমজিঞ্জরি।

ঐগী লাইরিক A Guide Book for Entrepreneurship Development ফোঙবদা ওজা মায়া নেপ্রম, কে: শান্তিবালা অমসুং একাশিনিনা ওজা সাহিত্যগী লাইরিক অমত্তং মণিপুরীদা পুথোক্লবা তৌশিনে হায়বিখিবা অদুবুসু ঐহাক্লা নীংশিঙজরি। মদুনসু ঐঙোন্দা ইননবা থৌনা

পীখিবনি খঞে। পূম্নমকসিগী মথক্তা ঐগী ইবাই খোইনাইজম চাওবনা শৈরেং খরা খল্লগা পাবীখিবগীদমকসু থাগৎচরি। মপানগী অইবশিং এদভোকেৎ দীলিপকুমার, তোলেঙ্গাও, প্রতিকুমার, বাবাতোম্বী, কাব্রম্বম নিলকান্তা, ডা: জোদ্ধচন্দ্র সনশম, শ্যাম, প্রদিপকুমার, কৈশাম হেমচন্দ্র, গোলাপ, যতিন্দ্র, সুব্রাম, নবদ্বীপ, খৈরুদ্দিন পূম্নমক্কী লম্মলসু তোনশিঞ্জরে।

মখা তানা সাহিত্যদা থব্রায় হাপ্পীরিবা অইবশিং খাঙেম্বম শামুঙৌ, ইবোপীশক নোংথোম্বা, সলাম তোম্বা, কবিরাজ রাজেন্দ্র, ইন্দ্রমনি ব্লাইখোম অমসুং নীঙথিবী কলেজনগী বিমোলতাদসু তোবীমল খঙবা উৎচরি। খ্বাইদগী পূক্লীং থৌগৎপিখিবদি সংস্থানগী এডভাইজর ব্লারিবম মৈনো সিংহনি।

লাইরিক অসি ফোঙনবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং লৌবিখিবা লৈমহল প্রেসকী প্রোপাইটর ঐগী ইনাও থৌদাম কান্তা সিংহ লোয়ননা কম্পুতর পেজ মেকর তৌবিখিবা থৌদাম শ্রীতন কুমার (নাওচা) অমদি প্রিন্টিং কম বাইন্দিং সেক্সন্দা লৈবিরিবশিং পূম্নমকপু পুক্সিগী শিংবা ঙমলরোইদবা লম্মন তোনশিঞ্জরবনি।

অরোইবদা ঐহাক্লা ঐগী লোইনবী নিংথেমচা ওংবী বিমোলতা শীজ অমসুং ইচাশিংগী হনবা নাইদনা লাইরিক অসি ফোঙনবা মতেঙ পাংখিবগীদমক অচম্বা ব্লাহে মঙা তরাদং খ্বাইগী মাঙদা থমজরি।

পূম্নমকপু খুরুমজরি।

রা: কু: গুণচন্দ্র

তাং ৭/৮/২০০৭
ডিমাপুর

# য়াওফম তাকপা

## 'ইমাগী চামচ'

ইমাগী পুন্সিগী মরূপলোই
অবা-নুঙাইগী লম্বীদা চৈশু,
নহাক্না হায়খি নতাগীদমক
হিদাক ইনসি, পীথকসি,
— ইমাগী চামচ !!

ইমাগী চামচ নঙনা
গঙ্গাজল ইনসি
নীংশিংখিবনি অরোইবা মিকুপ্তা
হরি নামগা লোয়ননা !!

য়ুমথোঙ খূদিংদা - চামচ
খুঙ্গংগী হোটেলদা - চামচ
ষ্টার হোটেলদা - চামচ
হোসপিটালদা - চামচ
মীয়ামগী মরূপলোয় - চামচ
ইমাগী মতারোয় - চামচ
ইমাগী - চামচ !!

অপোকপী ইমাদি চৎখ্রে
থাদোক্কুনা ঐখোয়বু
অদুবু —
লৈহৌরে নহাক্তি ঐখোয়গীদমক
ইমা শক্না মতম চুপ্পগী
— ইমাগী চামচ !!

# কবিগী কল্পনা

কবিগী কল্পনাগী
খ্বাইদগী ৱাংবা চীং
কৌব্রু চীংজাউ
নাপল তৌজরিবনি !

অচৌবা তুরেল ইম্ফাল, ইরিল
মক্রু, বরাক, থৌবাল
লাইফম্মি পুরুকশৌবী
ঐতিহাসিক খোংনাঙনি সতী খোংনাঙ !

অচৌবা পাৎনি
খোঙহামপাৎ লাইকোন
শাৎপনি থম্বাল লিশিং-লিশিং !
পাৎসিদা শান্নে মশা পানবা লাইরেল
ৱাইথৌ পাৎ, লোক্তাক পাৎ
অমত্তা ৱাৎতে মৈত্রবাক্তা !

মায়কৈ ঙাকলি মার্জিং
থাংজিং, লোয়ারাকপা,
খোরিফাবা, খমলাংবা
পূম্নমক্কী খোয়দৌ ওইরি কংলা !!

# শৈরেং নত্তে পিগী ঈরিক্লি

ইমাদো ঐগীদমক পুন্সি কেমখি
পলেম মাগীদমক নীংশিংবনি
শৈরেং নত্তে পিগী ঈরিক্লি !

ইমা ওইনা ফংখি মপোক অসিদা
লাইবক থীরবা নচানা
করিসু খঙদ্রবা পাপকী মপোকসিদা !

ইমা! অমুক হন্না পোকচররোই
মীওইবা ওইনা লংজররোই
অরোইবনি লাংওন অসিনা ঐগীদমক্তি !

মীওইপোক্তা খোঙদারকখি
ইমাগী পীবূক্লুংদা
মালেমদা মঙাল পীরুনবা লৈশেন্বা মাগী !

## ঐহাক হৌগৎলগে

নোংঙাল্লক্লনি ঐহাক খঙলে
য়েনবাসু খোংলি, মকুসূ নাহেরি
ঐহাক বাখলদা চিংনবা ফাওই
মীকপ থোক্কদবা কীরক্লে ।

নোংপোক মায়কৈদা ঙাঙ্গ্রানবা
মশেক মঙাল ঙাম্বোরক্লি
কোরৌ মাসু থোক্লক্লি !!

অসুম অসুম মতমসু হৌখি
ঐ তূমশিন্দুনা লৈবা য়ারক্লে
ঐহাক হৌগৎতবা য়াররোই
ঐহাক হৌগৎলগে ।

থোক্লবা অমা থোক্লসনু
ঐ থেংনরগে
ঐগী পাঙ্গল লাক্লে
ঐনা কনাবুসু কীররোই !!

# নোংজু অহিং অসিনা

নোংজু অহিং অসিনা
ঐবু কয়াদা বাহল্লবা
ঐহাক তূম্বা য়াখিদে
অচিকপা অহিংদা
তাওবা হূইনা খোংলি
অথাপ্পদা লমহূইনা শঙ্গু শঙ্গু
খোংলি অকিবগী শকলোন্দা !!

ঐহাক তপ্না মপাল থোরকখি
শাইজীন্দগী নোংলিক্লা তপ-তপ,
শুমাঙ মতোন্দা হৌবা কবোক্লেগী
মপান্দু ঙৌশ্রোক ঙৌনা উরি ।

কনাসু লৈতে পুম্ব্রি মপান
মনমদি শন্দোক্লি থাবল্লেগী
নোংজু অহিং অসিনা !!

ঐনা নীংশিংলি শক্তম অমা
ঙারিয়ান চীংগী চীংমায়দা
লাইওইরবা সনা খোংনাঙগী মখোঙদা
কনাগুম্বী অমবু নীংশিংদুনা
ইখিবা কবিতা অমা !!

# কল্লসি লৈকংলাদগী

পান্থী অমত্তং থাসি
নোংজু থা অসিনা লাকপদা,
জুন ৫সু লাক্লনি
প্রকৃতি ইমাগী খলবুসু
কায়হল্লোই হায়না
ৱাশক্লসি ঙসিদি !!

পৃথি মাতাবু ঙাক শেনসি
চীংমায় কিন্থবদগী কল্লসি
মরূপ শান্নসি
প্রকৃতি অমসুং মীওইবাগ।
উ পান্থী থাবা
নীংশিংসি ঐখোয় !!

পামলৌ উবা হন্থহনসি
জঙ্গল ককথৎপা লেপলসি
মরূ কোকপা উবদা
পৃক্লীং মকা লামদবা
অৱাবা ৱাখল লৈহল্লোইসি !!

চীং, পাৎ, তুরেল শেমগৎপা
পৃম্নমক্কী ৱাখলনা
অমতা ওইরসি
ঐখোয়গী পান্দম !!

শেমলসি নুঙাইরবা মালেম
কল্লসি লৈকংলাদগী
মরুভূমিগী শক্তমদগী
লাপ্না লৈসি ঐখোয়
শেমলসি মরুদ্যান
অমমমতং ঐ ঐগী !!

# ৱাখল

খল্লি ঐহাক লেপ্না লৈতে
ৱাখলগী মঙলান্দা ঐহাক হিংলি
গীতাসু পাল্লি লেপ্তুনা
বাইবলসু কোল্লি খুত্তা
কোৱানসু ফাল্লি লেপ্তুনা
ফংবদি লৈতে ঈশ্বর, মপূ মাবু !

তপ্না তপ্না চঙশিল্লি
তুং হন্দোক্তুনা লাকই
কনা উদে লৈরমদে ।

গুরুদেবনা তুলসী মখোঙদা
নুমিৎ খুদিং প্রার্থনা তৌরম্মী
মালা চৎলি নোংমা কাংদনা
ঐসু খঙহৌই মাগী খাউবুনাই ওইনা
ইমানা ধূপ-থাউমৈ থাই
ঐসু খুরম্মী অয়ুক নুমিদাংৱাই খুদিং !!

ঐহাক ঈরাক্লে মঙলান্দা
'কর্ম্মন্যেবাধিকারস্তে মা ফলেষু কদাচনা
মা কর্ম্মফল হেতুর্ভু মা তে সঙ্গোহস্ত্ব কর্ম্মনি' ।
কর্ম্ম তৌ — মহয়গীদমক খনফম থোক্তে
লেপ্তুনা চঙশিল্লি
হনবা লৈতে
করিসু খল্লুদে
ঐহাক মঙলাক্লে
মঙফাওনদে ঙসিসু !!

## করিগী কপলি অঙাংদুনা

অথেঙবা অহিং
নোংঙাল্লমদাই মতম
করিগীনো ৱাহং লাক্লিবা
করিগী কপলি অঙাংদুনা
মমাগী মথাদা হিক্ল হিক্ল
নোং ঙাল্লকুগদবা অসিদসু
করিগী নোং ঙানবা পামদ্রিবা
অঙাংদু নোং ঙানবা শুকপাম পামদ্রব্রা ?
ৱাহং অসি লাক্লি
হংলি হন্না হন্না
অদুবু কন্নানসু পীবা ঙমদে
অঙাংগী ৱাহংগী পাউখুম
অঙাংদুসু লেপ্পা নৈতনা কপলি !!

# ওইজবতনি থিনরিবা

মখোয় ঙহাক পোখারম্মী
থবক কন্না কন্না অমুক শূনখি
কনানা নঙ্গলদা অঙাং
কনানা পূক থন্না চারক্তা
কনানা অনা-অয়েক লোয়নরা
পূম্নমক লোইনা লাকখি
শেন্দোং তানবা লাকই
করিসু খল্লুদে পুক্সি ললোনবদা
মথং মথং
কনানা কয়াম তোংলবা
খনবা ওমদে খন্নদে
পুক্সি অসিগীদমক
অমুক হন্না খন্নবা মতম লৈতে।
মাগী মাগী ওইজবতনি
থিনরিবা
করিসু খল্লুদে মখা তানা
থবক কন্না কন্না অমুক শূনখি !!

# থৌনাখুল

'লাইশ্রমখূল'গী সনারৈ হায়ঙ্খুলদা
সাহিত্যনা ঐবু কৌরকখি
ঐ চোকথবা লৈতনা
য়ৌরুই 'লাইশ্রমখূল',
অপোকপা মরূপ শন্দোকপা
ফুন্দ্রে কোলোয়নবা
মাগী পোক্লফম লমদমদো
নিংথিজেদা ফজেদা !

'কাটাখাল' তুরেল তোর্বান্দা
শারবা নুংশাগী মৈশা খওদনা
ভাটিয়ালী ঈশৈ শক্কুনা
হিথক্তা চংহৌবী
মীতৈ ইমা ইবেলশিং
নৌহৌননা নীংশিংলকই !!

## কনাসু খণ্ডবিদ্রবা মপোক

মীওই মপোক্লা থারক্লে
থৌদা পুদুনা লাক্লে ঐ
কনানসু খণ্ডদনা ;
ঐনা কপখি হঞ্জা হঞ্জা
মখোয়না নোকখি হরাউনা
ঐ অবাবা লাংদা থুরে,
মখোয়না খণ্ডবিখিদে !!
অদুবু —
হৌজিক্তি ঐহাক উপায় লৈতে
চেকপল অসিদগী
নাহোকপা ওমলরোই
ঐগী খোঙদা য়োংহ্নিং
ঐ কপকদ্রা নত্ত্রগা নোকদ্রা ?
ঐগী পিক্লবা আত্মা
কৈদৌঙে পাইখিনি
মনীংতম্না হকচাং পোলাংদগী !
মানা পাইথোকপ্রবদা
নীংভম্লনি ঐহাক
লাক্লনি ঐগী নুমিৎ
নুমিৎ অদুনি ঐনা ঙাইরিবা !!

বাহে অমত্তং ইরমগে
ঐনা চংখিবা নুমিৎসিদা
কনানা খণ্ডবিদ্রবা মপোক অসে
থাদোক্লুনা ওসিদি চৎলে হায়না !!

# কপকেরা নোক্কেরা ?

ইমা-পাবুং লৈখিদে
ঐহাক কপখি ;
ঐহাক থবক ফংখি
নোকখি নুঙাইনা !

ঐহাক খঙলে
অবা-নুঙাই মচীন-মনাউনি,
করিদা খেন্নবা লৈবগে ?
অবাবা অমসুং নুঙাইবা
অনীসিবু মান্ননা খনবা ঙমলবা
মহাক অদুনি অথোইবা,
মদুনি মীয়াম্মা তান্নরিবা !

কপ্লসু নোক্লসু
অমত্তনি অমত্তা
করিনা হেনবা করিনা ৱাৎপা
অনৌবা য়েন্নিঙ, অরিবা মনা
করিবু খেন্নরি অমগা অমগা !

কপ্লসু নোক্লসু
করিসু খন্দে ঐ
করিসু ৱাদে ঐ
মনা অমা ফংবদা হরাউবা
পেন্থোকপদসু হরাউবা
শেল লৈরগা নোকপ্রা
শেল মাঙলগা কপপ্রা
পুন্সিদি পুন্সিনি
কপকেরা নোক্কেরা ?

# ফজবা মাগীদমক

লৈচিন্না পাইরি
অতিয়াদা পাকশন্না
ওইহল্লি মখল মখলগী মূর্ত্তি
ফজৈ পূক্লীং হুনবই' মশক্লি
শৈথাবা ঙমলোই ফজবগী
য়েকপা ঙমলোই চিত্রকারনা ।

তোর্ব্বান্দা হৌরিবা পান্থী
মমি তারি তুরেন্দা
মমি চুম্না লেপ্লা ঙমজদে
থেক্লা খোয়না তারি
অকনবা ঈশিং ঈচেলদা ।

মপানথোঙগী ফজবদি ঙহাক্তগীনি
'নুংগী ফজবদি মতমচুপ্পগীনি,
লেঙদবা ফজবা ফংনবা
খোইমু খোইরাবা কোইপাই পাইদুনা
পূক্লীং তথক তথক্লা থিজরি
ফজবা মাগী প্রেম বন্দী ওইদুনা !!

## অকংবা উনা

অকংবা উনা নহাক্তি কেনখ্রনি
করিগীনো নহাক্লা কেল্লিবা
ৱাদবা ঙমদে নহাক্কীদমক
হে মচু থোক্লবা উনা !

শান্তি পাম্বা তাইবংদা
অশংবা মনানা কংলবদা
ৱাখলদা চৈনা পীরম্বা নত্তনা
করিবু ওইফম থোকপগে ।

তপ্না তপ্না কংশিল্লকপদা
ঐগী থম্মোইদা কয়া ৱাজবা
কনা খঙদা নঙনা কংলকপগুম
ঐসু কংলক্লে তপ্না তপ্না ।

অকা অকুম নাইবা তাইবঙদা
নহাক্লা কেনখিবসু
কেনফম থোকপনি নহাক্কীসু
অনৌবা মনা অমগীদমক !!

# চক্রন্দা উংলি

কনা নত্তে
ঐখোয় য়েংলিবা ভাবোক্লি,
কুন্ধে য়েংবা নুঙাই
করিনো হায়বদি খঙদে
অর্থ খঙদনা য়েংবা অদুনি ।
'ঐনা নাপল তৌই
মী ওইনা পোক্লকপগী
ঐনা তৌরিবসিদি করিনো
ঐহাক করিসু খঙদে'
মখোয়না খঙলিবা ঐ নাচুংদে ;
অপঙবনা নুঙাইবসি মসিনি
পৃক্লীংদা মখল মখল খল্লি
ঐহাক অসুক্কী মতিক খল্লি
ৱাখল খনবগী নুঙাইবা লৈ
ৱাখল খনবগী হৈনবী লৈ
ঐ খল্লি অসুম অসুম
মতম্না হৌখি নোংমা নোংমগী
অৱা অনাগী চক্রদা উংলি
কোকসি উরু উরু ঙাওরি
পুন্সিনা পুন্সিদা ৱাহং হংলি
অৱা-নুঙাই লম্বীদা চৎলি !!

# হিয়াং হিরেন

হিয়াং হিরেন
ফজনা শারে খূৎহৈবনা
হৌজিক কদায়দা থমগনি
কংলাদা লৈগে হায়রক্লে !!

কোং'-মরুদগী য়াল্লকপা উ
অমাইবা অমাইবী তান্নরে
অজা-পূজা তৌরে
হিয়াং হিরেন অথোইবা
কংলাদা লৈগে হায়রক্লে !!

কংলাদা মানা চঙলক্লবা
অখণ্ড অহেনা হায়নৈ
লৈবাক্কী অচৌবা ৱাথোক
থোক্লকপা য়াবগী
মরম অমা লৈ !!

অহিং খূদিং হিনা খোংই
কংলাগী হোজং শঙবা সিপাহি
কীবনা তূম্বা য়াখিদে ।

কৈথেল ময়ায়গী শামু
অহিং তাংলৌ অথেঙবদা
লেপখত্তুনা জগোই শারকই !!

কৈথেল লাইরেম্বীনা তেংথারি
নোংঙাল্লমদাই মতমদা
হিক্লা হিক্লা কপ্লি !!

# মরূপকী মমল

নহাক্লা থোঙনাউ ওইদুনা
উহল্লি লাপ্লবা লমদম অমা
লংলানি ফি শানবা
শিংলিনি হকচাংগী ঈচেল ঈহুল খঙনবা !

অব্বাবদা নঙনা লেপলৈ
নুঙাইবদসু নহাক ইনাক্তা লৈ
মঙাল মমি ওইনবনি
অইং আশা খাঙমিন্নবনি
নিংথম কালেন নোংজুথা, বসন্ত
পূম্নমক অঙ্গানি !!

খেন্নবা লৈতে অমগা অমগা
নহাক্কী কবিতা ইমিন্নবনি
ঐগী ঈশৈ শকমিন্নবনি !!

নহাক্লা মীঙশেলনি
ঐহাক্লা মদুদা তাবা মমিনি !!

অবা নুঙাই অনীদা
নঙ - ঐ লেপমিন্নবনি ;
নঙ - ঐ তৎন-থানদবা মরূপ্লি
কনানা হায়বা ঙমগনি
মরূপকী মমল !!

# সাক্ষিনি ইতিহাসনা

অকনবা থৌনাফবশিং
লানফমদা চোংশিল্লি
মখোয় থবাই থাবা কীখিদে
অদুননি লানঙম ফিরাল থেংলিবা !!

থৌনাতনি ময়াম্মা খঙনরিবা
শক্ল শোন্নবনি পুম্নমক্না
পামখিবা নত্তে মিংচৎ
কন্দবা য়াদবনি ইরৈবাক
মদুনি মরুদি ।।

পাঙ্গলবশিং কাখি স্বর্গ
নোক্না নোক্না
করিসু চিংনবা নৈতনা
সাক্ষিনি ইতিহাসনা
খঙনরিবা মীয়াম্মা
মখোয়গী ত্যাগ অদুনি !!

নীংশিংনরিবা ঙসিগী মীওইশিংনা
হৌখ্রবা পুন্সি লীক্লম কয়া
হৌখ্রসনু মথং মথং
ইন্ননি ঐখোয়সু
লীকলম পরম অদুদা !!

হৌখিবগী ব্বারীনা
পুন্সিগী কৈরাক ওইররে
মিংচৎ উরোং মখোয়গী
অচৌবা পারা ওইরে ঐখোয়গী !!

## নুমিৎলৈ উরুবদা

শুমহৎনবা চীংলক্তা
অঙৌবা লশিং মপৈ মপৈ
পাক শন্না শন্দোকখিবা ঈপাক্লুম
য়েংবগী পেনবা নাইখিদে !!

লাপ্না উখি লৈশা-পাখং
শঙ্গু শঙ্গু চৎমিন্নখিবা
গিৰ্জ্জাদবু চৎমিন্নরিব্রা
হৈরাং লোঞ্জাবু চামিন্নরিব্রা
লৈরাং লোঞ্জিনবু চিনমিন্নরিব্রা ?

'তামদিল' পাৎতা হি তোংমিন্নবা
'ভানতবাং' ঈশিং চাইবী মখোঙদা,
অবা নুঙাই বারী শান্নখিবা
পূম্নমক প্রকৃতি মাগী শক্তমলা !!

'এদাম ঈভকী শক্তমলা
নোংপোক মায়কৈ য়েংলিব্রা ?
কনানসু খঙহন্দা
নোংচুপ মায়কৈ ওল্লিব্রা ?

# লৈহৌরসনু

ঐগী ঙরাং মঙদা
অঙৌবা চেবাং অমা উরম্মী
ফজরবা সাহিত্যগী ৱাহৈনা থল্লবা ;
ঐনা খনখি
ৱাহংদুগী পাউখুম হল্লক্লে ।

মীকপ থোক্লে ঐহাক
ঐগী মঙগী চেবাং লৈরমদে
'বারাপানি'গী ঈশিংনা পাক্লা শন্দোক্লম্মী ;
ঐহাক খঙলে
ঐগী ৱাহৈতনা থল্লবা অঙৌবা চেবাং
ঐগী ৱাহংগী পাউখুম
পাক্লবা ঈশিংগী ইরোলনুংদা লুপখ্রে ।

ঐগী চেবাংগা লোয়নবা
ৱাহৈ পূম্নমক লৈহৌরসনু
'বারাপানি'গী ঈরোল'নুংদা ।

# করিগী কপকদৌরিবা

ঐনা শিখিবদা
তীখ্যং পাম্বী অমদি ফুক্তোক্লে !
মফম অমদি ফংলে
থাজিন্নবা লৈরাং চারা অমা
অদুগা করিগী কপকদৌরিবা !

মরলনি মপু মাগী
লাকখিবনি শিঙ্খা অমগীদমক
ইথৌদুনা মরুনি
মাঙখিবদা মালেম অসিদগী
করিগী কপকদৌরিবা !!

হনখিবদা পাঙথোকপা ঙমদনা
পীরক্লিবা ইথৌদাং অদু
মদুগীদমক পেঞ্জদে মায়াগী হকচাং অসিনা
শিখিবা অদুগীদমকতি চিংনরুদে ॥

অদুগা করিগী কপকনি
ঐনা শিখিবদা ;
ইশাগী নত্তবা মরল অসিগীদমক
য়াইফরবনি ঐনা চৎখিবা
অফবা লৈরাং চার অমা থাজিন্নবা
ফংলবনি অহাংবা মফম অমা
অদুগা করিগী কপকদৌরিবা ?

# হিংনীংলি

কনানসু খঙবীদে নহাকপু
করিগী খঙবীগনি
কানবসু পীবা ঙমদবা
মঙালসু থোক্কুবা থাউমৈ
কানরিব্রা হিংলুবগী
কান্নদ্রবা শক্তম নত্রব্রনে
মানিদা কান্নদ্রবা
তশেংনমক কান্নদ্রবা
অসুক কান্নদ্রবা মীসু লৈরিনে
অদুবু হিংদি হিংনিংলিবা নৎত্রা?
হিংনীংলি মী ওইনা পোক্লকবনিনা
হিংখিনি
শিখ্রো হায়না শাপ
শোল্লবসু কয়ারক হন্না হন্না
শিরোই ঐহাক
ঐগী চেঙ লোইদ্রি
ঐহাক চেঙ চাখিনি
নোংমৈ থাং তেন
ঐহাক কীবিদে
কীফমসু থোক্তে
করিগী কীরুগনি
ঐ হিংনীংলি !

# মহাক্কী মরম্মদা

মহাক লাক্কনি
ঐবু লৌবা নোংমা
উনগনি অশংবা লৌবুক্তা
ফৌনানা জগোই শাবা মরক্তা
ঐসু ঙাইহরি মহাকপু !!

মহাক্কা থারকখি ঐহাকপু
শিঙ্খা পাঙথোক্লবা নোংমা
শিঙ্খা লোইবা নুমিত্তা
মহাক শোয়দনা লাক্কনি ।

মহাক লাকলম্মী নোংমসু
ঐগী মঙলান্দা শক লোত্তুনা
ঐহাক খঙই মহাক্কা লাকপদু
অমুক চৎখি মহাক ।

লেপ্তুবা খোঙচত্তা
মানা য়েংদুনা লৈ
ফত্তবা অফবা পূন্নমক
ঐসু খঙই মহাক্কী থবক ।

ঐহাক তপ্না তপ্না চৎলি
মাসু তপ্না তপ্না ইন্নরকই
মহাক ঐগী মরূপনি
পুন্সিগী লেঙদ্রবা মরূপনি ।

# ব্রেক

নুমিৎ তাখিবদা মস্মি
অমম্বগী ফজবা উবা ফংদে ।

গ্যাস লোইথোকখি অমম্বদা
মৈসু লাক্তে
মারবারি দুকান্দা চৎলি
লৈননবা ব্রেক্তা গ্যাস ।

অমম্বদা তোর্চ কাপ্তুনা চঙই গোদাউন্দা
গ্যাস সিলিন্দর লৌথোকই
থাঙ্গৎতুনা য়েংই
লিটর ১/২ ময়েং তাবা থেংনৈ ।

উপায় লৈতে
পাঙ্গিল্লি স্তোভতা,
মচীন্দুদি ফুল্লম্মী ;
গ্যাস খায়দোকখিবগী
সিলিন্দর অদুদগী ।

গ্যাস শেম্বা মেকানিক থিরুই
দুকান পূম্নমক থোঙ লোন্নখ্রে
মেকানিক লৈতে অমম্বদা
চরা হেল্লগা তূম্বা তারে হৌজিক
উপায় লৈতে অমম্বদা
অমম্বদা ব্রেক তৌরুই !!

# ঐহাক খণ্ডদে

ইরাং লাংই
করিগীনো হায়ফম খণ্ডদে
প্রকৃতিগী ফজবসু
শজিবু কালেন
লোন্নবগী মৈশাসু
পূম্নমক থেংলরি
মথং মথং হৌখি
কুমজা কয়া খণ্ডহৌদনা
ঐসু অহিং আশা মরক্তা
লোয়নদুনা অদুম্মক চংলি
লেপ্তুনা চংখিনি হায়বসু
ঐহাক অদুম্মক খণ্ডই
নোংমাইচীং চীংদোম্দা
বারুনী অহিংদা
কাখংখি পরেং পরেং
ঐহাক নীংশিংলি
থৌদোক পূম্নমক
অমত্তা চিংখদনা
মাণ্ডদা হেক্তা থোরকই
ঐনা খণ্ডলিবসু মদুতনি
মখা তানা হায়বা ঙমদে।

ঐ করিসু খণ্ডদে
ঙমদে করিসু হায়বা
লেপতনা চংপদুতনি ঐগী শিন্থা
ঐ মদুগী মহৈদি খণ্ডদে
নোংজু নুংশাগী খেন্নবা
ঐহাক খণ্ডদে
ঐদি ব্রাফম অমতনি নীংশিংলিবা।
থম্মোইদা করিনো অমদি খল্লি
হায়ফম খণ্ডদবা ব্রাফম অমা ॥

# হিংলিঙৈদসু ঐহাক খঙই

ঐহাক্তি চৎলবনি
মপুনা পীবা মতম লোইরদুনা
পুন্নমক খঙহৌরে
ঐহাক চৎখ্রে হায়বা ।।

ঐহাক্না করিবু থল্লম্বগে
করিবু পুরগা চৎখিবগে
তশেংনমক উবিহৌরবা নৎত্রা
সাক্ষি ওইনা লৈহৌরেদনা ।।

হিংলিঙৈদসু ঐহাক খঙই
ইরিবসিসু হিংলিঙৈদনি
অরোইবদা নুংশিনবা নত্তনা
করিসু লৈরোই খঙই ।।

অদুবু ব্রাফম অসিমক থাজবিদবনা
কয়ারক নুংশিননবা ঐনা হোৎনজখিবা
পান্দম অদু ফংদনা
মালেম অসি থাদোক্কুনা ঐহাক চৎলে ।।

ব্রাফমসিতং নীংশিংবিহৌ
অমগা অমগা নুংশিনবা নত্তনা
অতোপ্পা মমল তাংবা পোৎশক অমা লৈতে
ঐনা চৎখ্রবা তুংসিদা ।।

মিংচৎ উরোং খিনবা পাল্লিবা
অতৈ লৈরোই অরোইবনা লাক্লবদা
নুংশিবনা মিংচৎনি, নুংশিবনা লেঙদবনি
অহিংবা উপালদি মাতনি ।।

# য়োকচরী

মচা নিঙোল মরিনি,
শাহ্গী নুপী বাজে
পিবা অমত্তা য়াওদবগী
কনানা পিন্ডা দান পীগনি ॥

ঈশ্বর লৈতবা নত্তে
লোক্তাক প্রোজেক্তা থবক তৌবা
শমভু নোংমৈনা কাপ্পুনা হাৎলম্মে ;
মচা নুপা চহী ৬ শুবা হন্দোক্লমলে ।

খবর কাগজদা লাউথোরকই
মরী মতা লৈত্রবা অঙাংসে
কনা অমতা লৌরদ্রবদি
চিলদ্রেন হোমদা থমখ্রগনি ।

ধর্ম্ম লৈবী শাহ্গী নুপী
মপুরোইবদা তান্নজে
অঙাং অসি য়োক্কুনা
শেন্নীসিরা মী অমা ওইনবা ?

মপু মনাই পুলিসতা লাকই
অঙাং অসি য়োকচরগে হায়রে
মমা মপা শক্কুনা
কনা লৈত্রবা অঙাংদু !!

নোংঙানবদা খবর কাগজশিংদা য়াওরকই
মমা মপা লৈত্রবা অঙাংদু
তেল্লিপতিগী শাহ্-অঞ্জুনা মচা শক্লবু য়োকখ্রে
ঐগী থম্মোইদা প্রেমগী ইহৌ অমা লাকখি !!

# শান্তি লাক্লনি

শান্তি লাক্লনি
অহিং তাংলৌ অথেঙবদা
লিক্লানা তারকপগুম ।

হে ইমা লৈবাক
ইরমদমও নুংশিরবী ;
পলেম নঙগী নশায়গোন্দা
ইমাগী তম্পাক্তা
শান্নজরিবা ঐখোয়সে
করিগীনো ঙসিদি অসুক লাংতক্লরিবা !!

অশংবা ফিজোলনা লৌবুক লমহাংদা
থেখোই থেখোইনা তুরেলশিং
চীংগী চীংশাংনা পরেং পরেং
নাপোম কয়াদা চীংমীশিং
নুঙ্গাই মরক্তা মখল মথেলগী লৈরাংশিং
ইমা ঐখোয় পূম্নমক
পাম্মী শান্তি ওইনা হিংমিন্নবা !!

অদুবু বিধি বিধাতা
করম্না তম্লম্বনো
ঈশ্বর মাগী নোংদম
মীহাৎ মীপূন নোংমা কাংদনা
মীকপ মীরাউখোল
তেংথা নাওইবতনা থল্লিবা,
মরাল লৈজদবা অঙাংশিং
করিগীদমক হাৎতোকপীরি
পোমশাৎনরিবী লৈরাং কয়া
খাঙুথক্তা করিগী লৈমন চনহল্লিবা ;
মখোয়গী পুন্সি নৌনা পিখম্নখ্রে

মসিবু ঙমলিব্রা য়েংবা
ইমা! পুন্নমক নহাক্কী তম্পাক্তা
শান্নরিবা লীলা ঙাক্তনি
মসিবু নহাক্কী অপাম্বনে ?

পুন্নমক নঙোন্দা থংজিনবা
পামদে ঐখোয় পামদে
অদুবু পেন্দবা পুন্নমক
কনাদা তাইনরুনি
তাইনফম খঙদে
ওইনজবনি খনবিয়ু নচাশিংনা !!

মীত্তা উরি অঙাংবা মৈবুল
উরি তত্তনা ঈখেং শিন্থবা
লেপ্পা লৈতনা চেন্থখিবা
ঐখোয়গী লোক্তাক তম্না
পাউদমলুনবা লাইওইখ্রবা অহল লম্মনশিংদা
শান্তি লাক্লে ঐখোয়গী ইরমদমদা !!

শান্তি লাইরেম্বী
ইরক্তা লৈবনি নহাক্তি
খঙদে ঐখোয়গা ইরোইনরি
করম্না শক লোত্তুনা লৈরিবা
মতম ওইদ্রিব্রা শাফোঙলকপগী
খৌরাংনা ঙাইনরে নহাক্তবু !!

পোক্লুবনা মীওই মপোক্তা
থেংনরে চৈথেং চৈনাদি
খাঙবা ৱানরে
ৱাকচিংগী উলেন নংলবা লৈনাগুম
অদুবু ঙাইরি অনৌবা য়েন্নিঙবু
চোকথবা লৈতনা ঙসিসু
নোংজুথানা লাকপসিদা !!

কৌব্রু মাসু লেঙদনা লেপ্লি
লোক্তাক মাসু ঈথক হৌনা জগোই শারি
লেং লেং চৎলি ফৌনাশিং
তমগী শঞ্জেন্নহাগী
বাঁশিগী নুংশিরবা সুরসু লেপত্রি
নুমিদাংবাইরমগী অইংবা নুংশিৎনা
য়ৈররি ঙসিসু ঐগী হকচাংদা
তাম্থা কাইদবা নৌরেল
ঈপোম নাইবা ঈথক
প্রকৃতিগী খূৎশেমদি কায়দ্রি ।

অইংবা লিক্লা অমা তারকখি
ঐগী মায়দা তপ্লা
খঙপ্রেক খঙই
শান্তি ঈরিক অমত্তং তারকপদা ।

হৌজিক ঐহাক্লা ব্রাহং অমা হংজখি
শান্তি য়ৌরক্লব্রা ইরমদমসিদা !!

# প্রলয়গী মৈরী

নীংতম্বা হায়বসি মসিরা
আগষ্ট ১৫ লাকখ্রবদা লোইরব্রা ?
ফংলব্রা মসিনা পান্দম
ভারত সম্বিধান্না শেমলিবা
আইন কানুন অসিনা অরোইব্রা ?

মীওইবা অথোইবনি জীবা পূম্নমক্তগী
মসিমদি খঙই ঐখোয়
অদুবু নুংশিবা হায়বসিদি লৈনদে ।

ব্রাখল খল্লি মীওইবা
অফবা শাদুনা শকলোৎলি
ঐনা ঐনা মফরে খন্নে ।

শা-মরক ঙা-মরক
কনানা কনাবু শক খঙনরি
লৈবরা ঈকাইখুম্নবা ।

পূম্নমক মফম মরাং খঙনদে
খা-অব্রাং খঙদনা চেন্নে
অকনবা নোংলৈ নুংশিৎ লাকপদা ।

শ্রীলঙ্কাগী ব্রাথোক
হাৎনা শুনবগী অকনবা নুংশিৎ
য়ৌরকই ম্যানমারদা, ভারত্তা,
মীতৈ, মুস্লিম, নাগা কুকি পূম্নমক ।

য়েংথীনবা অসিগী মৈরীদি
প্রলয়গী মশক ওইবনি
পোলোইদা করি ওইগনি
হায়বদি ঙম্ব্রা কনানবু খঙগনি ।।

# তোল্লবনা চণ্ডজরি

হে শ্রীমদ্ভাগবদ
হরি নামবু শোঞ্জরি
নাকোং অনী শুনা তাহন্দনা
হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে !
হরে রাম, হরে রাম রাম রাম হরে হরে !
ঐগী অরোইবা মতমদা
ননাক্তা চণ্ডজরি তোল্লবনা ।

ঈরাং কৈথেল কল্লক্তে,
অরোইবা মতম্না লাক্লবদা
পুশিনবিয়ু ননাইবু
নখূয়া থম্বালদা ....... !!

মপোক অসিগী কুম্ভেদা
লাক্লম্বনি মিকুপ অমত্তং
থম্নাথক্কী লাইজনি
ঈপাক্তা তাউরম্বা কোঙ্গোলনি
ঐগী অরোইবা মতমনা লাক্লবদা,
তোল্লবনা চণ্ডজরি
শান্তিগী ইংলবা ঈপাক্তা
তিনহনবীয়ু ঐহাকপু
হরে কৃষ্ণ, হরে রাম ।

## হে অপঙবা মীওইবা

ফজবা শক্তমদি উবা ঙমদে
মপানথোঙগী কুয়োম অসিদি
খল্লুরগা তুকচ্চবা পোকই ।

আত্মাদি নোংনা চোক্তে
মৈনসু চাক্তে
মাদি লাইরবা ইনাকখুনবা খায়দে ।

হূই, হৌদোং মীওইবা
অমত্তসু খেন্নবা লৈতে
অচৌ-পিশক অমগা অমগা !

হে অপঙবা মীওইবা
করিগী অদুক নাপল তৌবগে
কান্নদবদা মাঙহনবগে মতম ?

মপুনা পীরকই তাঙলবা মপোক
করিগী মসিবু খঙদবনা
করিগী মমল হন্থহল্লি
নোংমদি লাক্লনি পুন্সিগী অরোইবা
মতমদুদা চত্তবদি য়ারোই
খঙলক্কনি অশিবগা থেংনরবদা ।।

# গুলাপ লৈনুংশি

পাবুংগী নুমিত্তা
অঙাংবা গুলাপ পুরকই
মদুগী অর্থনা করিনো ?

ঐগী ইমা পাবুংগী ফোটোদা
ঐনা কৎলি অঙৌবা গুলাপ
মসিনা করিগীদমক খেন্নবা মচু ।

'মে দে' লাকখি
শিগ্নীশিংগী নুমিৎনি
কৎখি গুলাপ চরোং চরোং ।

মীওইপোক্লা থাজে
অশংবা অতিয়াদা
থব্বায়না পাইখৎখি পরেং পরেং ।

হে থব্বায় নঙদি
অব্বা অনা লৈতে
অঙাং অহল খায়দে ।

গুলাপ লৈনুংশি
অঙাংবা অঙৌবা
গুলাপকী মাইথোঙদি অমতনি অমতা !!

# য়েক্লবা

ঐনা কী য়েক্লববু
মপান থোক্তে ঐ
'ক' না হৌবদগী হেন্দোক্কনু হায় !

ঐগী মঙদা লাকই
হিংচাবা ময়া শীংজং পানবা
ইবেনপোক্কী ৱারীদা য়াওবদু ।

ৱারীদা ঐনা থেংনরমদ্রবা হিংচাবা
মঙদসু লাক্লমলোই হিংচাবা
ওইরমলে ঐনা কীবদগী থোকপা হিংচাবা ।

নোং ঙাল্লে ঐ মপান থোক্লক্লে
হূইনা মমৈ ফেৎ ফেৎ হাইদুনা
চোংশিল্লকই ঐবু উবদা হরাউদুনা !

হৈনৌ পাম্বী মশাদা
তেনৱা শঙ্গু শঙ্গু চেন চোংদুনা শান্নরম্মী
হিংচাবা অমত্তা লৈরমদে !

য়েক্লবদি লৈরমদ্রে
ঐনা পুথোকপা য়েক্লবা
ঐগী ইশাদগী ওইরমলে !!

## মদুনি লেঙদবা লন

ইশা ইথন্তা লাকপনি
হনখিবদসু ইতোমতনি
হিংলিঙৈ মতমদনা
ইশানা ইশাগী মরূপনি
ইশানা ইশাগী য়েক্লুবনি ।

হংলি ব্রাহং অমা
মী-শা পান্থরা
মী-লাই ওইনীংবরা
অমদি খনবা তাই
য়াম্না তাঙনা পীরক্লবা
মীওইবা মপোক্লি !

মপূ মানা থাবিরকই
মীওইবা অমদা চেনগদবা
গুণ পূম্নমক্কা লোয়ননা
মদু মী-মীনা খঙবা তাই
হৈজ শিংজদুনা তানবা তাই
মদুনি লেঙদবা লন
মীওইপোক্তা পোক্লকপগী
হোৎনবা তাই
লাইপোক্তু ফংনবা
মদুনা ইথৌনা মীওইবগী
মহয়নি মদুনা মীওইপোক্কী !!

## হৈকং লৈকং

লাইশঙ অমা লৈ চীংয়াদা
য়েন্দাই অমা পায়দুনা
লৈগী মখল মখল হেক্কুনা
পুজাগীদমক চংলি নুপীমচাদু !

খঞ্জে মহাক্লা মপু মাবু ফংলনি
লেপ্লমক ফংবা ওইরসনু
ঐখোয়নসু মাগীদমক্তা খল্লি
খঙই মাগী শেংলবা থম্মোই !!

অচিকপা মফমদা লৈরিবা ফুরা
ফুরাদুগী মনুংদা লৈরিবা নোংপোক নিংথৌ ।
নোংপোক থোঙ হাঙ্গদৌরিবা
শক্তি লৈবা মহাকপু পুনেমজরি ।

# লৌরিংবী

পরেং পরেং চৎলিবী
লৌরী চৎপী ফিঙাং শেৎপী
তাদগী কৈনো ইতৈমা
চাকপু থোংলম্লব্রা
করি এঙ্খাং থোংলম্মী
হো ইতৈমা !

লৌ লিংনা লিংনা
খুলং ঈশৈ শকলিবীও
মাগী মাগী ফৈদোম মঙম্বু
অবাবা কৌবদা য়াওদনা
লোইশিনবীরম্মুকো ।

ননাউ ওইবা ঐখোয়না
ফাৎপা লৈবাকপু
তনৌবী শূবীদা খাঙলমলোই
ইতৈমগীদমক লৈবাক-লৌরী
ফজনা শারম্বনি হো ইতৈমা ।

হয়েং ফৌবালনা মপূং ফারগা
সনা ফৌবু খাওমিন্নসি
অবাবা মচাগী মহয়দি
লেম্লবু মাঙবা হৌনব্রা
হো! হো! ইতৈমা !!

# করিগীনো খঙদে

নঙদি ঈশ্বরনা থারকপনি
লাইরেবাক্তগী লাকপনি
খঙহনগে হায়দুনা
মালেমদা লাইরেবাক্কী নুঙাইবা ।

কনাসু খঙদে
মথং মথং লাকই
মথং মথং হনখি
পূম্নমক নিয়ম অমগী মখাদা ।

কনাসু খঙনদে
করিগী লাকপনো
লাকই মরী মরী
থাদোক্তুনা চংখি পরেং পরেং ।

মায়পাকপা পাম্নে
অদুনা হোৎনৈ মানা মানা ঙম্বা
মী মীগী খেন্নবা লৈ
অদুনা ফলসু অদুম্মক খেন্নে !

থবক কন্না শূনৈ
নুঙাইনবা হোৎনৈ
অদুবু নুঙাইতে
করিগীনো খঙদে !!

# আশাদুনা হিংলিবনি

ৱাফম অমতংগীদমক
লাকখিবনি লৌমীদুনা
অশিৎ অৱাম্বাগী মতমদা
নোংলৈ নুংশিৎ মরক্তা !

কালেনগী নুংশানা য়েত্ত্রবা
অৱাবা মরক্তা
লৌরাং শুরম্বা লৌমীদু
আশাদুনা হিংলিবনি ।

হিয়াঙ্গৈ, পোইনু থানা লাকপদা
ফৌগী সনা মরিক্তা
লৌবুক পূম্বা ঙাংলনি
লৌমীগী কোৎপু থল্লনি ।

লৈখোমদা থম্বালবু শাৎপনি,
খুঙ্গংদা সনানা লৈতেংবনি,
পূক্কৈনি মীওইবা পূম্বগী,
তাংজফম্লি তাইবং জীবশিংগী ।

বসন্তগী মতমদা
অৱা অনা কাউগনি
করি খনফম লৈবগে
মতম্মা পুজরক্কনি নুঙাই য়াইফবা ।

# অমুক্তদি খন্নুখো

লৈরাংগী ফজবদা
ঙাওদুনা কোইপাই পাইরম্মী
খোইমু লাবা খ্বাংজেংবা
ঙংল ঙংলদুনা !

অবা নুঙাই অনীগী মরক্তা
লৈরিবনি ঐখোয় পুন্নমকসু
কোইপাই পাইরিবনি
কল্লক-মিহৌবগা লোয়ননা !

পূক্নীং ফাথবা ঙমদবা
ৱাখলগী কাওরেল অঙাওবা
ঙকশমদা থৌরী থাংদবা
অসিতনা ৱাথোক ওইরিবনি !

মাঙদা তারিবা লাংদা
পামজরবা চিঙ্গাক্তি লৈরি
চানবা হোংনৈ উচিনা
লাংদা থুগনি হায়বদি খন্থুরুদে !

হে শকফজবা শাফবা
অমুক্তদি খন্থুখো
হন্না অমুক্তং য়েংলমখো
তহা তহাগনু উনবি-পূক্নীং !

# লেপ্তুনা ইরি শৈরেং

লৈহৌরসনু ঐগী শৈরেং
চীংলোননুংসিদা
নোংমদি লৈশাং তমলক্কনি
মনমদু শন্দোরক্কনি চীংলোন লান্না
শক্লহৌনি শোন্নহৌনি ।

শৈরেংগী ফজবদি খঙদে
ঐগী হোৎনমনসু খঙবিদে
ঐ লেপ্তুনা ইরি
শারবা নুংশা মরক অসিদা !

ঐগী শৈরেং মমল লৈতে
য়াওদে মগুনসু ঐগী শৈরেংদা
পূক্লীংদা ফাওরকপা ইথিল 'দুতবু
লেপ্তুনা ইখিবনি শৈরেং ওইনা !!

সরামতিগী চীংদোল
ধনশিরি তুরেলগী ফজবা
মহৌশাগী দৃশ্যনা ইনশিল্লি
শৈরেং ইনবা ঐঙোন্দা !!

# মায়াগী লাংদা-ঐ

ঐগী হকচাং অমদি পূক্নীং
অনী অসি থৌরী চিংনরি
খল্লি মপানথোঙনা মরুনি
কাউথোকই 'নুংগী আত্মাবুদি !

মপানথোঙগী মায়াগী হকচাংবু
ফজনবা হোৎনৈ মীওইবা
'নুংগী আত্মাগীদমক করিসু খল্লুদে
কুয়োম অসিদি 'নুংগী মনাইনি ॥

থবক পূম্নমক ঐনা তৌবনি
হায়না নাপল তৌজে মীওইবা
ঐ-গী নাপলদা অরানবা কয়া তৌই
মদু ঐ ইশানা খঙজদে !

ঐ হায়বা অমা লৈতে
ঐদি ঈশ্বরগী মরল শঙবনি
পূম্নমক্কী মপূবু খঙবা ঙমদবনা
মায়াগী লাংদা ঐনা ঈরাক্লজবনি !

করিসু খঙদবা মীওইবা
কয়াগী মতিক নাপল তৌখ্রবা
লৌশিং মপূং ফাদ্রিবশিংগী
মহয়দি অরেম্বদা মাঙবা তাবনি !!

# চিত্রকার

ঐনা য়েকখি
ফজরবা শক্তম অমা নঙগী
ইনাক্তা লেপ্লম্বীদো মোমোন নোক্লা,
থোঙবাদা ঙারদুনা ঈরাং হৌনা !

নহাক্কী মায়থোঙদা তাবা মমি
মীৎম্না অনীগী ব্রাহ্ং
তঙৌ তঙৌবা খুবোমগী ঈথক
চীনবানগী মরোল থোক্লবা শক্তি !!

ঐনা য়েকখি থম্মোইগী কাচিন য়ৌনা
কনানা উবা ঙমদ্রবা
নঙগী পূক্লীং হুরবা
মীনোক্কা লোয়নরবা মায়থোঙ !!

নহাক্কী ঙকশমদা সনরিক্কী ফজবগা
য়েকপা ঙমদে মান্ননা
হকচাংগী ইপোমগা লিক্কী নিংথিবগা
কনানা হেনবগে খল্লিঙৈ !!

## শোক্ল পল্লবা য়াদে

মী মরক্তা অমগা অমগা খৌন্নে
মীনা শেমজবা নিয়ম্না
করম্না অমাং অশেং
খাঙবদা য়ারে লৈবাক
ফেৎ-ফেৎ হাইদুনা হিংলে ।

ঈগী মচু অঙাংবা
শঙ্গোমগী মচু অঙৌবা
করিদবু খেন্নরিবা
খল ওনবা ঙমদে,
ঙমদে ফোঙদোকপা কলমসিনা ।

মীতৈ, মীতৈ-পাঙল, চীংমী
লোই কাঙবু, য়াইথিবী
করিগী খেন্নহল্লিবা ?
ফত্তেদকো মীওইবা
শাদগীসু হেন্না তোল্লিদা !

পিক্ল পিক্লবা য়াখলশিং
অমনা অমবু উশিংনদবা ;
ঈকাইখুম্নবা করিনো খঙদ্রবা
শা-মরক, ঙা-মরক
হিংখিবা তারি পাপকী কোমসিদা ।।

# লুপা: ৫০

পোৎয়েং লু: ৫০
ফংনীংলুই পৈশানিনা
ইপলগী শোরাংতা
ফংফম থোক্তবনি পৈশাদো !

লুপা ৫০ লুপ্মিঙে
প্রেম পোকখিদে শোরাংতা
ভাবুকশিংনা মুরুম মুরুম শোন্নখি
নাচুংখিদে লুপা ৫০ মিতারিঙৈ ।

চৎখিদে ইনেতোনগী কর্ম্ম
পোৎয়েং তিংগনি খন্দুনা
মাক্মনগী শোরাৎ নীংশিংলুদে,
পোৎয়েং হন্দবা য়াদবনা

জ্ঞান তানা তূম্লিবা মী
হৌদোকপীনবদি কনা লৈ
মী মাসু হৌগৎলকই,
মথন্তা খঙলকই মাঙবখৈ মাঙলকান্দা !!

ইচেশিং অমত্তা চাক্কৌখিদে
চৈরাউবগী খুদৈদি মিতাজৈ
ইচানুপীশিং ময়ুম পাল্ল-কান
চাক্কৌদবা য়াদবনা ইচেশিংসু চাক্কৌখি ।

লুপা ৫০ দি নুংশিবী
ঐগী থম্মোইনা মীতাজবী
মপোক অসিগী মমলদি
লুপা ৫০ বু য়ৌখিদ্রা ?

# ঙসি

পূং ২৪
চপ মান্নবা পীবনি
মীওইবা পূম্নমক্তা
নোংমনি পূং ২৪ না ।

অদুবু —
অমনা মতম ফংই
অমনা মতম ফংদে
অসিনি পূং ২৪ ।

নিংথৌদা হেন্না পীদে
মীনাইদা ঋাংহন্দে
পোৎয়েন চৈয়েন
ফজবা মপূ মাগী থৌশিলনি !!

মতম্বু হেন্না শীজিন্নবনা
চহী ৫০ দা চাম্মগী থবক তৌইদো
মতমবু ফজনা শীজিন্নদবনা
চহী ১০০ পুন্সিদুনা করিবু কান্নগনি

সেকেন্দ খূদিং মনিমুক্তানি
মসিবু খূনবা হৈবনা
শিংথানবনি তাইবংদা
অশিংবা শীংদবু চনবনি !!

# শম্বল

নুংশিননবা শম্বল অমা ;
উনদ্রবদি নুংশিনবনি !

পূন্নীং তয়াং তশোইনদনবা
শম্বল অমা
অচেৎপা শম্বল অমা
লাপ্নরবদি নুংশিনবনি ॥

অর্থ লৌবা হৈত্রবা
মীগা মীগা শেরান্নে
পূন্নীংগী ব্রাফম খঙনরবা
করিসু চিংননিঙাই লৈতে
মী মরক্তা
শম্বল খাদবা য়ারে
মতম মাঙননবনি ।

পূন্নীংগী শম্বল লৌথোকসি
মপানথোঙগী শম্বলনা কদৌনি ?

## খল্লুদ্রে মিংচৎসু

অসুম অসুম মতম হৌখি ।
কল্লক মীহৌবা লৈরক্রে
পামলক্রে পৈশাসু
খল্লুদ্রে মিংচৎসু !

ফজবসু য়েংনীংদ্রে
রাশি লৈবসু মিতারুদরে
মায়থোঙনসু শুমহৎত্রে
শন্নুদুসু কাউস্রে ॥

হামচৎনরবা থবায়গী
মমলদুসু খল্লুদ্রে
লল্লোনবগী শেন্দোংদুসু
অমুক হন্না নীংশিংদ্রে !!

'থক্তা কানি হরাউদে
মখাদা তানি খল্লুদে
করিগীনো অসুক কল্লক্লরিবা
খন্থদুনবু য়েংদব্রা ?

লৈচিলদা তোংসি খনখিবা
শোরারেন্দা কাগে বাশকখিবা
মঙগী মশক ওইরল্লে
ঙসিতবু খঙলক্লে !!

# দিল্লি চৎলি

দিল্লি চৎলি
ভারতকী কোনুংনি
মী মখল কয়া থেংনৈ
মী মচা অচৌবা
কোইহ্ খাকপা কোইহ্কোকপা
শম শাংবা তেনবা
ফি লোইহ্না খুমজিনবা
ফি লোইহ্না শেত্তবা !

দিল্লি চৎলি,
উরকই জন্তর মন্তর,
পার্লিয়ামেন্ট হাউস, দিল্লি গেট
লাল কিলা, বাহাই তেম্পল, বিরলা তেম্পল ।

দিল্লি চৎলি
উরকই এম এল এ, মন্ত্রীশিং
লাকমিন্নখিবা পিএশিংগা,
উরকই চঙমিন্নখিবা হোটেলদা,
সাধু এম এল এ শিং
হেরো শাহৌবা
শোসিয়েল বেলফ্যারগী
ডাইরেক্তরগা
দিল্লি চৎলি মন্ত্রী, এম এল এ
লৈবাক্কী য়াইফনবগীদমক !

## "পূম্নমক শৈরেংগী মচাক্লি"

শরৎ ঋতু নীংশিংদ্রব্রা
মেঙলবা থাবলগী ইপোমদা
শনারৈ পাম্বী মখোঙদা
নহাক্লা লেপ্পম্বদো !

পষ্টৌ মাগী মশায়গোন
মমাঙ শঙ্গোয় অচৌবা
ফৌসু লংনখিবা
লৈকায়গী নতারোয়শিংগা !!

অদুঙৈ চৈরাউবা নুমিত্তা
ইঙেন চীংবু কামিন্নখিবা
চেন চোংদুনা শান্নমিন্নখিবা
পূম্নমক শৈরেংগী মচাক্লি ।।

ইম্ফাল তুরেল মপান্দা
ফমখিবনি ঈরাউখোল মরক্তা
নীংশিংলমগনি ঙসিসু
কারকখিবা নহাক্লা ঈরুজবদগী ।।

'পূক্লীং হুবা শক্তমনি
অয়ুক্কী লিক্লানা কদৌরুনি
প্রকৃতি মাগীদি খৃদোলনি
ফজবী লাইরেম্বীগীদি লাংওন্নি ।

## কবিনা খোঙদারকপদা

লৈশেম্বনা থারকপা
মালেমগী ফজববু তাকল্লুনবা
খোঙদোই হুল্লকখি মীরমলেন্দা
শোরারেনগী মচানি !

নঙনা খোঙদারকপদা
নোংথাংনা জগোই শাখি
বজ্র তাখি খাক লাউনা
য়োংহ্লিং পূম্নমক থদংখি !

য়েক্ল-তীম্বং মাঙহনখি,
নুংশিরবা 'করাং'গী হৈকোন্দগী
শন্দোরকখি নুংশিরবা লৈনম্মা
মৈত্রবাক শিন' থুংনা !

নুংজাউরোক তুরেলগী ঈচেলসু
তেম্থা খুঞ্জাও য়ৌনা চেল্লকখি,
কোং' মরুগী কল্লবা ঈচেলনা
ঈরিল তুরেন্দা য়ৈরখি ।

ৱাহৈগী লৈ পরেং অমনা
শম্নখি খা অৱাং নোংপোক নোংচুপ
খোঞ্জেলনা নিলখি
ইমাখোল, নোহাখোল, অলমখোল !!

# পম্লৌ

মাগী থৌজালনা
খঙহনখিবনি পূম্নমক
মপোক অসি ফংহনখি !

চীং তুরেল,পাংকী ফজবা
ঈশিং চাইবীগী মিহৌনফম
পূম্নমক নহাক্না খঙহনবীরে ।

পিক্লিঙৈগী ওজানি
চাউরক্লগা মরূপনি
অমতা ঙাইরবা লাইনি ॥

মথং মপোক্তা পোক্লরোই,
অমুক হন্না উনররোই,
লম্মল তোনশিঞ্জরবনি নচানা ।

মরালনা মপোং ফারবা,
লুপচপ্রনি নুংজেং পুম্রিদা,
কনাদসু তাক্লমদনা !

# শেঙ্গাও পায়বা ললোনবা

লৈবাক বাথোক ওইগনি
খল্লি লৈবাক্কী অঙম্বা
শেলগী মিহৌবনা
কীরুদে বাথোক
লংজা কাক্কী লাংওন
ওনখি অঙম্বা মতাং মতাংগী ।

কনা লৈরমদে মাগী
মীচন শঙ্গন মরক্তা
পূকচেল শেংনা লেপচখিবা,
মাগী মীনা য়ামখৎলকলবদা
হৌজিক্তি কাউথোকত্রে
মাগীদমক অমাঙ অতোঙ থিদনা
লেপচখিবা পূকচেল শেংলবা মাবুদি ।

শেঙ্গাও পায়বা পাঙ্গনবা পূম্নমক্কা
তঙ্খায় চাবী তৌনরক্নে
খল্লকই পৈশানা মীবু লৈবা য়াই
পৈশাতা উরকই
পূম্নমক অরেম্বনি খল্লকই ।

মখা তানা খন্ননীংঙাই লৈতে
মাগী মাগী অপাম্বদা চৎলসনু
আশাগী ময়োন কংলবা মপোক্কি
মাগী মাগী তৌজরকপগী মহয়নি ।

লংজা কাক্কী লাংওন্দা
শেং শেত্তুনা চানরসনু
পামদবনা লৈথোক্তুনা লৈহৌসি !!

## মসি ইম্ফাল তুরেলনি

মসি ইম্ফাল তুরেলনি
ইপা ইমাগী শেংলবা লাইফমনি
হৌরকখি মফমসিদা
মসিগী তোর্ব্বান্দনি
অঙাং ওইরিঙে' পুন্সি ।

নীংশিংলি মাগী তম্পাক্তা
চেন্না চোংনা শান্নখিবা
মসিনি ঐখোয়গী হৌরকফম
তোর্ব্বানগী লৈঙোই-শেক্তা মরক্তা
মরুম কোনবী, থ্রী-কাপ্পি
লৈখোম পেক্কুনা শান্নখিবনি
ষন, শামু শাদুনা ।

মরূপ খরদি ইম্ফাল তুরেল
নঙগী তোর্ব্বান্দগী মাঙখ্রে
মোংফম কয়া থম্লমলগা চৎখ্রে ।

অতোপ্পা হকচাং পোলাং অমদা চঙখিবা
কনাগী হকচাং পোলাংদনো
খঙবা ঙমদে হায়বা ঙমদে
থৌদোক কয়া অসি
নহাক্তি খঙই উহৌই
হে, ইম্ফাল তুরেল
বারী পূন্নমক নহাক্না খঙই
পূন্নমক নহাক্কী ইতিহাসতা মমি তারি !

ইঙেল চীংগী চীংদোন্দা
শিদ-হিদাক হৌবনি
ঙায়োনবীগী ঙাসু শিদ-হিদাক্না

কুবদা মশা তেকখৎখিবনি
হিংদুনা ক্রুং ক্রুং চোংখিবনি ।

ইম্ফাল তুরেল,
নীংশিংদুনা লৈরনি
অবা নুঙাই লম্বীদা
নঙগা লোয়নখিবা পুন্সি
ঐনা করম কাউগনি !

মা খোংনাঙদি মশা ফম্না হৌরি
মাগী উরুমদা লেঞ্জরম্বা কয়াদি
উবা ফংখিদ্রে ঙসিদি ।

# তিনখ্রগে হৌরকফমদা

ইহাং হাংনা লাকখি
ফি মচেৎ অমত্তা থোংদনা !
হৌজিকপু করি কান্নগনি
চৈরাওবদা,
নিঙোলনা পুরকপা ফৈজোম্না?
পামলুদ্রে মোজা ফুরিৎ
পূম্নমক অরেম্বনি
হঙ্গৎনা য়েংলুবদা কান্নদ্রে খল্লক্লে ।
মতম্না লোইরক্লবদা
পূক্নীংদা অপাম্বা অমতা লৈরক্লে ।

হৌজিক ঐহাক ইহনফমদা হল্লগে,
ইতেফমদা তেরগে হায়না খল্লে ।

ইহাঙ হাঙনা হান্নগুম
তিনখ্রগে হৌরকফমদা,
য়াম্না নুঙাইনা,
অহাঙবা অতিয়াদা,
কনাগসু কল্লক য়েংথীনবা,
লৈত্রবা মফম অদুদা ।

# অৱাবা অহিং

নোং ঙানখিদ্রবা
অহিংদো কয়াদা শাংথ্রবা
ঙসিসু লাকখিদ্র হান্নগুম
খন্না খন্না ৱানা ঙাইখিবা।

অমুক হন্না নীংশিংগনু য়াদে
কয়াদা ৱাখ্রবা ঐহাক
থোকহন্নীংখিদে অমুক
অদুবু অহিং অদো
অমুক লাক্লগনি
কনাদসু তাক্লমদনা !

ঐ ৱাখি
য়াম্না ৱাখি
ফোঙদোকপা ঙমদনা ৱাখি
অৱাবা ৱাখলগা লোয়ননা
ঐহাক তূমখুন তানখি !!

# অরোইবা মতম

লৈরাং ওইনা শাংখি
খোইমু ওইনা পাইখি,
অঙাং ওইনা শান্নরম্মী
অহল ওইনা শিখি ।

তুরেল ওইনা চেন্থখি
ৱারীসু লোইখি,
মহাকসু চংখি
ঐসু ঙাইহিরি
অরোইবা মতম ।

# কৌরক্লনু অমুক হন্না

লাক্লরোই ইম্ফাল তুরেলদা
উৎলরোই অমুক হন্না
নোংজু পাম্বাসু লাক্লরোই
শকসে অমুক উৎলরোই !

ঐগী ফিসে মুনবীখ্রে
ফি থোংদ্রবা ঐসে
ঈকাইনা খাঙলগে
কুম্থদুনা লৈমায়দা
নঙগা উনদনবা লোৎলগে !!

কৌরক্লনু অমুক হন্না,
ঈকাই খঙদবী তাহনবীরনু
ঐসে নত্রে ইঙেলচীং
ঐসে ওইরে হৌনখঙদবী
নখোয়গী থাঙ তেন শীংজং মরক্তা !!

# ইম্ফাল তুরেল তোর্বান্দা

ইম্ফাল তুরেল তোর্বান্দা
ঙহাক ফমদুনা য়েংবদা
পারা অমা তমহৌই
চঙশিল্লো চঙশিল্লো
নূঙ্গাই মরক্তা চেন্থরিমখে
হেন্না হেন্না অরুবা ওইরকই ।

অৱাবা থেংনরা-থেংনরগা
মথৌ হেন্না হেন্না শংলকই
তেলঙ্গানা হেন্না হেন্না ৱাংখৎলি
নুংশিৎকা মায়োক্লা-মায়োক্লরগা ।

গুলাপকী ফজবা,
মাঙহনবা ঙমদে তীঙ্খংনা;
মমাগী নুংশিবা
নাথৈখিদে হায়বা ইন্দবা মচানা !

তুরেলনা হঙ্গৎনা চেন্দে
মমা মপাগী নুংশিবসু অদুনি ।

ইম্ফাল তুরেল তোর্বান্দা
ঙহাক ফমলি
মিকুপ অমা পোত্থাই
কৌশিং কয়া তাউথখি
ঐবু উরগা মখোয়গুম্বনি খনখি
মমল লৈতবা পুন্সিনি

# ঐনা উখি

নোং নুংশিৎ মরক্তা
য়াম্না ৱানা খাঙখি নহাক
কনা লৈতে নঙগীদমক ।
ঐনা উখি —
দলানগী অনীশুবা মথোন্দগী
নঙনা লেনখিবদো
অহিংদুদা নোং নুংশিৎ মরক্তা !

# খোঞ্জেলনা নিল্লি মালেমদা

মীতৈ খুৎমাবা অথৌবা
শৈরেং শৈহৌতনা মীকপ থোকহনখিবা
শামুরৌ লমদম লমনুংশিদা
পোকখি মহাকবি অঙাংহল ।

শীংঙেল চারা থারম্মী
লৈরাং পান্দোং ফারকই
পেনা শকপা ওজাগী
শৈহেক কয়াগী সুরদা !!

লম্বীদুনি শান্তিগী —
সাহিত্যদুনি খোঙ্গুল লীক্লম,
সাহিত্যদুনি লৈকোন্দু
লৈনমদুনি মিংচৎ থিরিবদো কনানা ।

খম্বা থোইবী কাব্যনা —
শক্তাকখি ইরমদমগী অইবা
লমজিংবিখি ঙসিগী পুজারিশিং
চঙশিন্নবা মালেমগী সাহিত্য লৈকোন্দা
লৈগী লৈনম লৈকাদা লোইশিনখি,
মাগী মনম খুল্লান্না চৎখি,
অদুমক্লি হে লুচিং পুরেল
লাক্লিনে ঐখোয়সু মার খোঙ্গুল লিদুনা ।



# আর কে গুণচন্দ্র সিংহ



ইং ১৯৫২ সেপ্টেম্বর ৩দা ইম্ফাল ৱেষ্ট দিষ্ট্রিক্কী অৱাং পোৎশংবমদা পোকই । অপোকপগী মিং রাজকুমার লৈরেনম্না অমসুং অপোকপীগীনা ইরুংবম নিঙোল নিংথেমচা ওংবী "অঙৌবীশিজা কৌই। মহৈগী থাক গ্রেজুয়েটনি। এন্টপ্রেন্যুশীপ অমসুং মেনেজমেন্টতা স্পেশিএলাইজ তৌরে । ইং ১৯৭৬ তা নোর্থ ইষ্টকী সার্ভিসতা চঙদুনা গৌহাটি, আইজোল, ইম্ফাল অমসুং হৌজিক্লা ডিমাপুরদা থবক তৌরি । অকাশবানী অমদি দুরদর্শন কেন্দ্রগী ৱাঙাংলোইনি । সঙাই এক্সপ্রেস অমসুং পোক্লফম চেফোঙগী কলমনিস্ত ওইরম্মী। কলা, সংস্কৃতি অমসুং মীওইবগী শেবাদা কথোকপা পাম্বা মীশক্নি । মণিপুরগী মনুং অমসুং মপান্দা তারিবা মীতৈশিংগী মরী ফগৎহনবা অমসুং চীংমী তম্মীগী নক্লবা মরী থম্নবা কন্না হোৎনরি । বি দি এস এ, নয়ি দিল্লিনা Dr. Ambedkar Distinguished Service Award-2006 পীদুনা ইকায় খুম্নখ্রে । একাদেমী অসিনা চহী অসিগী ওইনা পীবা নেশনেল থাক্কী মনা অসি ফঙবা অৱাং নোংপোক রাজ্যশিংগী ওইনা মহাক মথন্তনি । ইরমদম মীয়ামগী অপূনবা খোর্জে লূপ (ইমাখোল) কী ফাউন্দর প্রসিদেন্টনি। তোঙান তোঙানবা সংস্থানশিংগী লাইফ মেম্বর ওইরকই ।

*'সাহিত্যগী লমদা য়াম্না থরায় য়াওজবা,*
*নহা ওইরিবা প্রসিদেন্টনি আর কে গুণচন্দ্র'।* — কুঞ্জো নিঙোম্বা

*'ঐগী মরুপ সনখ্য গুণচন্দ্র কলমনিস্তনি,*
*ক্রিতিক্নি'।* — শরতচন্দ্র লোঙজোম্বা

*'সাহিত্য হোৎনরিঙৈদা ওফিসকী কায়রক্কনিকো'।* — আই এস কাংজম

*'মতিক চাবা মীশক্নি; লাইরিক ফোঙবা য়ারেনে'*
*(ফাগী ওইনা)।* — রাজমনি নোংথোম্বা

-ইমাখোল-